[illegible]

# লাইধিগী ঈশৈ



নন্দ মৈতৈ

# ꯂꯥꯢꯙꯤꯒꯤ ꯏꯁꯩ

# লাইধিগী ঈশৈ

নন্দ মৈতৈ

# ꯂꯥꯏꯙꯤꯒꯤ ꯏꯁꯩ

## ***Laidhigi Eeshei***

**(A collection of Manipuri poems)**

**by Heikrujam Nanda Meitei, Imphal - 795 001**

অহানবা ফোঙবা ঃ ২০১৩

অফোঙবা ঃ হৈক্রুজম ওংবী সুমতি লৈমা, কৈশামথোং হোদাম লৈবক

ইম্ফাল - ৭৯৫০০১



মমল ঃ লুপা ১৫০ (মখূম অপাবা)

লুপা ১৭০ (মখূম অথাবা, লাইব্রেরি ইদিশন)

মখূম ঃ যেন্দ্রেম্নম বর্নধব কুমাব

নম্ফম ঃ **যাইবিবেন কম্যুনিকেন্স**, উবিপোক খাই ব্রহ্মপুব,

বীব তিকেন্দ্রজিৎ লৈকঙথোং মনাক, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

**অইবগী ফোঙখ্রবা শৈবেং লাইবিকশিং ঃ**

১ *চেকখাযববা মালেম* (১৯৮৪)

২ *পুক্লীংগী রা* (১৯৮৫)

৩ *ঐগী মিং তাক্লীংদে ইমা* (১৯৮৬)

৪ *অতিযাগী মচেৎ* (১৯৯৪)

৫ *আইবিস ওফ দ স্কাই*

(২০০১, বি এস বাজকুমাবনা ইংবেজীদা হন্দোকপা)

৬ *ইমাগী ফনেক মচু* (২০০১)

৭ *শৈবেং চাম্মনিপান* (২০০৫)

৮ *কুবাক অর্মদি বোম* (২০০৮)

## নিজবা

থাজ নঙনা পলেম্নি
কোবৌ মানা পম্থৌনি
তাইবঙ পৃম্বা নচানি
চানবিযু পলেম পম্থৌনা।

জুন ৭, ২০১২

## ঐগী ৱাখল

ইবগীসু যেকপগীসু অবোইবা অমদি অসুম নৈযম থোকই। মদুগী ফজবা, ফজদবা মশক্কুসু মীপুম তিংনা উফম থোকই। অসুম খল্লুববদি পৃথিবীসিদা লৈবিবা মীপুম খুদিংমক্লা শেংলি ইল্লিবা, চাবি থক্লিবা খুদিংমক ঐখোয় খঙ্লে উবে যেংলে। অদু ওইববদি ধর্ম্ম খুদিংমকপু যাবা জাতি অমা শেমগৎলকপদা কবিগী অথিংবা থমগদৌনিবনো' কবিগী শৌগৎলোইদৌবিবনো' পুন্নমক্কী পাউখুমদি অপাবা, অখঙবা মী মীদুগী ওইবসনু।

খল্লি ঐখোয় খুদিংনা ইখঙ থঙনবা, তাননীংঙাই খঙনীংঙাই শুকওই ওইদবা হীরম অমা হায়যু হায়ববদি ঈশ্বরগী মরমদনি। অদুগা মীপুম তিংনা খল্লিবা লৈনবিবা মকওইবা মরম্না ঈশ্বরগী মরমদা তেক্ত ওইবস্বা। অদুনা কবি-কবিশিংনা মতমদা লাইবিক অমদা ঈশ্বরগী মরমদা ইন বাহৈ পুনসিং অমতং ফাওবা উবা ফংদ্রবদি, খল্লুবা যাওই, লাইবিকু মখল্লায় পান্দ্রবগুম্লনি হায়না। খঙদে মসিসু ইশাগী চত্না লৈশিল্লকপগী খুদমর তৌদিনা জাংলা।

লাইবিকসিদা যাওলিবা ঈশ্বরগী মরমদা ইবা শৈরেং খরদি মতম কুইনা তাদুনা লৈরকখ্রবনি। অদুবু হন্নক্কী লাইবিকসিনা মখোয় খুদিংমক্কী চঙফম হায়বদু ওইবরে। নুংদিদম + ঐঙোন্দা নুংঙাইজব ঙসিদি যাওই।

হায়জনিংবা অমনা ঐনা মীওইবগী হকচাংনদা অহল (ঈশ্বর নিংবা, যম্মা খঙ্গৈতেবরা, অচুম্বা তাঙবা), নহা (কল্লবা, শাংনগনবা, তৌঙম্বা) অমদি অঙাং (খঙনীং হৈনীংগনা থল্লবা) গী মতৌ চেল্লবা শক্তম অহমথক লোতনা লৈবিবগুম হেক হেক উজে। অসিগুম্বা শক্লোন অহুমসিবু ঐন মীওইবগী পুক্নীং, ৱাখল অমদি থম্মোয়গী ওইবা তোপতোপ্পা গুণ চেল্লবা ফীবমশিংনি হায়না ঐনা শৈরেংশিংদা শৈথাদুনা ইজখিবনি। অমরোমদা কনাগুম্বনা লাইনীং লাইশোন অমত্তা খঙজদ্রবা, ধর্ম্মগী লাইবিক অমত্তা পাজদ্রবা, চন্দন-চন্না নংঙগা যিজেৎ লৈতেংদুনা অসিগুম্বা ধর্ম্ম অমগী মীওইনি হায়বস তাকচদ্রবা, তৌবতবু

মপুঙ্গিদুদা কনাগুম্বা মীওই অমতগী মফমদা লাঞ্জনীংখিদ্রবা অমদি লাঞ্জদ্রবা কনাগুম্বা মীচম অমবু মীওইবা পুম্বনা পুজা তৌনবিবা ঈশ্বরবু চপ চানা খঙজবা মীওই অমনি হায়না উবা ঙম্বীববদি, মদুসু লাইবিকসিনা শেমগৎ-শাগৎচবা তাইবঙগী শক্তম অমনি হায়না উবীয়ু। ব্রাফম অসিদংদি, ঐগী লাইবিকসিবু পাবা হৌবিদ্রিবা মীপুম খুদিংমক্কী মফমদা মাঙজৌননা ফোঙদোকচনীংবা পোকই। অমনা লাইবিকসিদা তেল্ল তেল্লবা শৈবেং কযামকম যাওখ্রে। ইচম-চম্না মখোযশিংসি পীকখ্রবা লাযখ্রবা অঙ্কগী টেবলগুম্বনি হায়না লৌবিয়ু।
অমবু ওইবো অমবু ওইবো লাইবিকসিদা যাওবিবা শৈবেং খুদিংমক মতম চঙনা শুংদুনা ইখিবদি অমত্তা নত্তে। মসিগীদমক নুংঙাইজবা অমদি অসুম লৈবগনি।

নন্দ মৈতৈ

জুন ২২, ২০১৩

# য়াওরিবশিং

*ব্রাহৈ খবা*

## মসি অচুম্বনি

ঐগা ৱাবী শানবিবসে
ঐগী ৱাখলগনি
নত্তে অতোপ্পগা।

(২)

ঈশ্বরসে কোন খেত্তলি
অবেপ্পা লৈতনা
তকথোক নাম্লোঁব্রি।

(৩)

ঐদি পৃথিবীসে
মিকুপ খুদিংগী কোয়না ভুম্মী
মরম্দি
ঐ পুক্নীংগা তিন্নৈ।

(৪)

অতাঙবা নুংনা
লুহুপ্পা ঙানৈ
অহোঙবা নুংনা
লম্বীদা থানৈ।

(৫)

ঙাঙবগীদি
সুপ্নগী মী অমতা
তাবগীদি যাই
মযাম মযাম।

(৬)

মীগী খবা ক্তা
যেক্লিবা মফিসে
মীনা মুনবা ভমদ্রবা মর্ণনি।

(৭)

অচুম্বা ওইবর্বদি
কুইনা ঙাঙউ
নুমিৎ খুদিংগী ঙাঙউ।

(৮)

কপ্লবা অমদি নোক্লিবসে
অশেংবা মবম খঙদবদগী
ওইবকপা
হেক্তা মাল্লি।

(৯)

ইচা ইশু যাম্বা
কবাম্বা
লমচৎ নাইদবা
পূন্নমক্ক' —
পীবকপা অৱাবদ্দি
খঙনা খঙনা
কফুগা চোংশন্দুনা পৃথজবনি।

(১০)

কুইবা কুইদবা
ঙাংলিবা মীদুগী ৱাহৈদা
কাউবা ঙম্লোইদবা
ৱাহৈ অমতা যাওদ্রবা',
কান্নদে ঙাঙদবগুম্বনি মীদো।

মীগী বাতা ঙাংবা
মশাগীনা ঙাঙদবা,
বা ঙাংদবা মীনি
বা ঙাঙদবা।

(১২)

তাবোইদবদা ঙাঙলিবদু ঙাঙদবনি
খঙলোইদবদা তাক্লিবদু তাক্কবনি।

(১৩)

হঞ্জিন হঞ্জিন ঙাঙবা হাযবদুদি
অকক্লবা লাইবিক অমগী
অকক্লবা লামায অমবু
হঞ্জিন হঞ্জিন পার্বনি।

(১৪)

ব্রাথী ব্রাবেম্না মাঙহনবসে
ঈসু
ইবলসু
ওইবা যাই।

(১৫)

অফবা মীসু
ফত্তবা মীসু
মফম খুদিংদা
পুল্লপ পুল্লপ লৈ।

(১৬)

অফবতা খল্লবা
অফবতা যেংলবা
অফবতা ঙাঙলবা
ধর্ম্মগী লাইবিক অমত্তা
পাদ্রবসু যাবে।

(১৭)

মী খুদিংদা যাওবিবা
ৰাহৈগী মশীংসে
চপ চপ মান্নে।

(১৮)

মতীক চাবা মী অমদা হংবদো
মী কযাদা হংবগা মান্নে
মতীক চাবা মী অমনা খুম্বদো
মী কযানা খুম্বগা মান্নে।

(১৯)

ঙানা কথোক্লিবসে যেংলবদি
মীনা কথোক্লিবসে
কবিসু নত্তে
উনা পীবিবসে যেংলবদি
মীনা পীবিবসে
কবিসু নত্তে।

(২০)

হান্নগীসু
হৌজিক্কীসু
কোন্নগীসু
অপুনবা জীবগী মশীংসে
হোংদগুম খল্লি হোংদবগুম।

(২১)

বাজনীতি অমদি দর্শনিক্কী পান্দমসে
ওম্লোক্লা ফজৈ
ইনবদি—
অবাযবা অমত্তা ওইদে।

(২২)

চম্বমুক লুবা
গুণ লৈতে
লাযনা হাযবমুক লবা
নাহৈ লৈতে।

(২৩)

মমা মপানা
মচাবু চৈবদো
চৈদবগুম থল্লি
অতোপ্পনা চৈবগনা চৈবগুম।

(২৪)

ফোংদোক্লবা ব্রা
খঙই ঈশ্বরনা
ঐখোযনা খঙবনা ফোংদোকপদা।

(২৫)

ইবা মণি মুক্তানা ঙাল্লিবসে
অরাযবা মঙান্নি
মবমদি
মখোযদা লৈতে মৈ।

(২৬)

কনামতুগী
মতৌ তম্না নতুবা
তোপতোক্লা শাক্তম অমা শাগৎলবা
মানি মহাক অইবনি।

(২৭)

নতে খবা লৈবিন্দগী
লৈবির্বনি ঐ
অমত্তা লৈতবা মতমদা
লৈবাক্লি ঐ।

(২৮)

নুংশিবিদে থক খল্লোইদবনি
নংশিবিনবা হোৎনগদবনি।

(২৯)

পীবগা লৌববদি পীদ্রে
লৌবগা পীববদি লৌদ্রে।

(৩০)

পীগে পীবোই মনীংনি
পীগদবা মীগী মথৌনি
লৌগে লৌবোই মনীংনি
লৌগদবা মীগী মথৌনি।

(৩১)

পীবগীসু
লৌবগীসু
মী অনীখক্তং চঙই
পীগদবা অমা
লৌগদবা অমা।

(৩২)

পীবসু নত্তে
লৌবসু নত্তে
পীনবিবা লৌনবিবা মীশিংদো।

(৩৩)

লৈপাক্তা
নেংল নেংলদুনা চংনবিবনি
নিযম অমা লৈ নিযম।

(৩৪)

শেংসনু
পুমশেং শেংইদি হায়গনু
মোংসনু
পুম্মোং মোংলিদি হায়গনু।

(৩৫)

ইপা ইমা অনীমক
লৈ ঐখোন্দা
নত্তে মখোয় অতোপ্পা।

(৩৬)

থোক্কদবা ভাক্তোন থোক্লিবশিংসে
থোক্লোইদবা নত্তে অমত্তা
শাউগনু ফিংগৎকনু।

(৩৭)

ঈশ্বরদ' হাযজববু
তন্না হৌনববা।

(৩৮)

অশেংবা ঈশিংদি
অৱাংবা চীংদোন্দা
নপুনা লৈ।

(৩৯)

অচৌবা মীসে
সনা লুপাগুম্লা
শেন্নদবা যাদে কুপ্লা।

(৪০)

মীঙোন্দগী ফংবা পাউখুমদো
থাজবগী খাউদা
থুনা হাপচিল্লোইদবনি থুনা।

(৪১)

লৈচীলসু ঙৌই
উনসু ঙৌই
লাইজসে খোন্নাংনি
পলেম নঙগী।

(৪২)

চীঙ্গাক্লা নত্তে চীঙ্গাক্লা
অচুম্বা ব্রাহৈতনা থনবনি
ঈশ্বরগী পূক।

(৪৩)

থাপ্লা থোক্লিবা হে নুমিৎ
নঙগী শেংলবা মবিক অর্মাদি
যাওবি ঐঙোন্দা।

(৪৪)

চৈবা কিবনি
শিবা কিদবা মী
হৈতবা মানবনি
খ্বাইদগী হৈবা মী।

(৪৫)

কবম্মা ঙাঙগদগে
কনাদগী তমগদগে
অইবদগী
অইবদগী।

(৪৬)

নূংতা যেংগনু নঙ নূংতা
লৈসু যেংউ
মৈসু যেংউ
ঈশিংসু যেংউ।

(৪৭)

লৌশিংগী মঙালসে
নত্তে মঙাল
পেনববুনি
উববুনি
নুংঙাইববুনি।

(৪৮)

ফৈ খঙদনা ফসনু
কত্তে খঙদনা ফত্তসনু
ঈশ্বর লৈ।

(৪৯)

ফনা ফবা মীসু ওইসনু
মাবু যাদবা মী
লৈগনি শোযদনা লৈগনি।

(৫০)

অইববু চৈববদি
কৃষ্মেসু যেংলনু
ঈশৈসু তাবনু
লাইবিকসু পাবনু

(৫১)

ইনীংবা মীগীদি
ইনবা মচাকসে
ওন্থোক্না যাম্না লৈবোইবে।

(৫২)

পানীংবা লাইবিক্কী
লৈতে মমল লৈতে।

(৫৩)

মীনা খঙনীংলিবা খুদিংমক
লৈ লোইনা
লাইবিক্তা ইদুনা।

(২৪)

বাবিবা পূম্নমক্কী মবম
ঙ্গানননি ঙ্গাননা।

(৫৫)

ৱানতা নত্তে
অকনবা ৱাংহৈনসু শম্বল ওইনা
খানবা যাই।

(৫৬)

খঙলে খল্লিবসিদা
খঙদবা অমা লৈ
খঙদে খল্লিবসিদা
অখঙবা অমা লৈ।

(৫৭)

শাহিং চাবা শাশিংগী মীতা
শজিক চাবা শাশিংসে কৌনা।

(৫৮)

পুথোক্কে খনবাদি চুম্মা
যজবা লাইবিক
পুথোক্কে খনবাদি লাল্লি।

(৫৯)

অহাঙবনি চংতে
শোক্কবা লৈতে
পোংশক অমত্রে নংগা।

(৬০)

তোঙান তোঙানবা ধর্ম্মশিংসে
তোঙান তোঙানবা খ্রাইহেনি
নুংশিববা খ্রাইহেপবেং অমা শাগৎনবা।

(৬১)

থোক্লকপা লম্বীনা অমখক্তা
চৎলিবা লম্বীনা লিশিং লিশিং
থুংফম্না শুপ্নগী অনীখক্তা।

(৬২)

অঙাং অমগা
অহল অমগা
নহা অমগা
উবৰদি—
পৃথিবীগী মী পৃম্নমক উববনি।

(৬৩)

ব্রাহং হংলম্লগা
নত্তে চৎখিদৌবা
পাউখুম পীবম্নবা
লাক্লিবনি ঐখোয।

(৬৪)

পৈশাদি যুগুম্বনি
পৈশানা নুংঙাইবদি ঙাইহাক্তনি।

(৬৫)

খৎনদ্রিমখৈদি চুপ্মী অনীমক
খৎনববদি লাল্লি অনীমক।

(৬৬)

শেলগী হিসাবতদি
ইতু
ইচা
ইশু
পৃম্নমক—
মীতোপ ঙাক্তনি মীতোপ।

(৬৭)

মীবু অমুক্তং
থাজহনবসু লোইববনি
মীবু অমুক্তং
মীনম্বসু লোইববনি।

(৬৮)

শিখ্রবা হাযবসে
হিংলিবা মীওই অমগী
তুংদা লৈহৌববা
খোঙথাং অমনি খোঙথাং

(৬৯)

নুংঙাইবাবসে অখঙবা
ৱাবিবসে খঙদবা মীনি।

(৭০)

পিবাংগা লোযননা
থোক্লক্লিবা ৱাহৈদো
শৈবেংনি শৈবেং।

# ঈশ্বরবু নীংশিংবা

হে ঈশ্বর
থৌজান হৈবা হে ঈশ্বর
খল্লিনে ঐনা অসুম্না
শুবদা হকচাংসে চোকথবকপা মতমদা
শীৎলকপা নাম্নিবা নুংশিত্তো যেংলগা
নুংশিবিবদুনা উবিবদুনা নঙনা
হুম্বিবক্লিবোই নীংইনে উদবা হুমাই পাযদুনা।

হে ঈশ্বর
মতম পৃম্বদা হিংবা হে ঈশ্বর
যাক্লবা নুংশাদা অসুম চৎপদা লম্বীদা
খাঞ্জল্লকপা থোক্লবদি নুমিৎপু নোংনা
খল্লনে ঐনা খল্লক্লিবোই নঙনা
অচৌবা ছাতিন পাযদুনা মথক্তা
নুংশিবিবদুনা উবিবদুনা ঐবু।

হে ঈশ্বর
মফম খুদিংমক্তা লৈবা হে ঈশ্বর
অযুক্তা নোংলৈ নুংশিৎনা নোংজুথাদা
নান্না লংনা থম্লম্বা উবকপদা লম্বীদো
শীত্তোক্লম্লবোই শেংদোক্লম্লবোই খল্লিনে ঐনা
থৌদাদুনা নঙনা উদবা মালংবু
নুংশিবিবদুনা উবিবদুনা তাইবঙবু।

হে ঈশ্বব

ফত্তববু মাঙহনবা ঙস্না হে ঈশ্বব!
কবিগুস্না মতমদা নঙগী নোংলিক্লা
লিক্লা খিকপা নঙগী নোংলিক্লা
কংলবা লম্বীগী লৈমাযদো থন্না
মবাং-মবাংনা উহল্লকপা মতমদা ইমিত্তা
ইবিমাল্লে খল্লিনে নঙনা
'বাম' 'বাম' হাযবা ব্রাহৈদো
পাক্লবা শাংলবা লম্বীদো থুংনা
পাদুনা শোন্দুনা চৎলিনে ঐনা তুমিন্না।

*জুলাই ১৭, ২০০১*

## মায়পাক্লবা পাণ্ডব

হে নুপা
নঙ পাণ্ডবনি
নঙগী শঙ্গাযসে লানশঙনি
পাণ্ডবকী লানশঙনি।
নঙোন্দা য়াওবিবা ব্লাহৈদো
অচুম্বা কৌবা ব্লাহৈদো
বাঁসী থাগোন্নবা কৃষ্ণনি
মতম পূম্বদা
খোইকুম মোমোন্ত তৌববা
কৃষ্ণনি!
অচুম্বা কৌবা ব্লাহৈদো কৃষ্ণনি।
হৌগৎলো থোক্লো থেংনকবো
নঙগী ঙসিগী লম্বীদা
মী শা ঙা উচেক ব্লাযা
কয়া কযা
থীঙমদ্রবা!
অদুগা অমুক হল্লক্লবা যূমসিদা
নুমিদাংব্লাইবমদা
নঙ
মাযপাক্লবা পাণ্ডবনি।

*জুলাই ১৯, ২০০১*

## ফংদবা মী

অফবা মী লৈববা, লৈববা?
লাউজৈ ঐনা মীযাম পুনবা
মফম মফমদা চঙ চঙদুনা
লৈতো' লৈতো'
খুন্নকই খোংনাং পাম্বীনা।

অকনবা মী লৈববা, লৈববা?
লাউজৈ ঐনা মীযাম পুনবা
মফম মফমদা চঙ চঙদুনা
লৈতো' লৈতো'
খুন্নকই কাউনযেন অমনা।

অশেংবা মী লৈববা, লৈববা?
লাউজৈ ঐনা মীযাম পুনবা
মফম মফমদা চঙ চঙদুনা
লৈতো' লৈতো'
খুন্নকই তুলসী পাম্বীনা।

লান্দবা মী লৈববা, লৈববা?
লাউজৈ ঐনা মীযাম পুনবা
মফম মফমদা চঙ চঙদুনা
লৈতো' লৈতো'
খুন্নকই লঙজা অমনা।

ঙাঙদবা মী নৈববা, নৈববা '
লাউজৈ ঐনা মীযাম পুনবা
মফম মফমদা চঙ চঙদুনা
নৈতো' নৈতে '
খুন্নকই ঙা অমনা।

*জুলাই ২১, ২০০১*

## ঐনা ওইনীংবা

হে ঈশ্বর
ঐসে৷
মী ওইনীংলক্কবা
মী ওইনা উহন্নীংলক্কবা
হেক হেক যাওই
খল্লি কবি কবিগুরুদা।

বলীগী থাঙ থাঙৎলিবা
মীগী মখুৎ উবগা
মীদুগী মখুৎ ওইনীংই
থাংদুনা লৈ ওলহন্নীংই।

লৌবুক্তা লৌমী উবগা
শম্পোৎ খোইবা উবগা
লৌহোন ফোইবা উবগা
লৌ লিংবা উবগা
লৌ যৈবা উবগা
খুল্লং ঈশৈ শক্লীংই
নুংশিবা যন্ত্র ওইনীংই।

মীগী মখোঙ উবগা
তন্দে মান্দে থাংলগা
মীদুগী মখোঙ ওইনীংই
পবপ পবপ চৎনীংই
তাম্বা নাইনা থাংনীংই।

অশাউবা মী উবগা
মীদুগী মমীৎ ওইনীংই
খোইকুম মোমোন তৌনীংই।

অচম্বা মী উবগা
মীদুগী ফিজেৎ ওইনীংই
মীদুগী মশাদা নপ্পীংই।

*জুলাই ২৮, ২০০১*

## নুংঙাই নুংঙাই

নুংঙাই নুংঙাই,
ঙা ওইনা পোক্লে নুংঙাই
পান্নী ওইনা পোক্লে নুংঙাই
তীল ওইনা পোক্লে নুংঙাই
শা ওইনা পোক্লে নুংঙাই
নুংঙাই নুংঙাই,
মী ওইনা পোক্লে নুংঙাই
মী ওইনা পোক্লে নুংঙাই
নুংঙাই নুংঙাই।

*জুলাই ৩০, ২০০১*

## পুন্সিগী মিকুপ খুদিংদা

কাউথোকহল্লি কাউথোকহল্লি ঐবু
মিকুপ অমত্তা কাউথোক্লীংদবা নঙবু
যেংলিঙৈদা
তাবিঙৈদা
মুল্লিঙৈদা
কাউথোকহল্লি কাউথোকহল্লি ঐবু
মিকুপ অমত্তা কাউথোক্লীংদবা নঙবু।

ঙাগুম্না ঙাঙদ্রবদি খঙদে
উগুম্না খন্দ্রবদি খঙদে
লৈগুম্না যেংলবদি খঙদে
কাউথোকলোইদবা খঙদে
নীংশিংদুনা অসুম লৈগদবা খঙদে
মিকুপ অমত্তা কাউথোক্লীংদবা নঙবু
পুন্সিগী মিকুপ খুদিংদা।

*আগষ্ট ১০, ২০০১*

## শেন্নবা

শেন্নৈ শেন্নৈ
ঐবু চেকশিন্না শেন্নৈ
ঐগী পুন্সিগী মিকুপ খুদিংগী শেন্নৈ
চংপদা লম্বীথকসিদা
তাদনবা হাযদুনা পৃথিবীসিনা
পাকথোক পাকথোক্লুনা পৃথিবীসিনা
অদুগ - -
কোকথক্তা ভাল্লিবা থাজসিনা
কোইহন কোইহন ইন্নদুনা ঐবু
পুমযোম যোমশিন্দুনা মাগী মঙালনা হকচাংপবু
শেন্নৈ শেন্নৈ
ঐবু চেকশিন্না শেন্নৈ
ঐগী পুন্সিগী মিকুপ খুদিংগী শেন্নৈ
শেন্নৈ শেন্নৈ।

আগষ্ট ১১, ২০০১

## চঙজবা

হে ঈশ্বব
থৌজালগী মপু
তাইবঙবু শেম্লীবা হে মপু!
লাইধিনি ঐ লাইধিনি
নঙগী খূত্তা লাইধিনি।

ইখোঙ পাল্লি থাংবা হৈতে
ইখূৎ পাল্লি হাইবা হৈতে
ইমীৎ পাল্লি যেংবা হৈতে
ইনা পাল্লি তাবা হৈতে
ইযা পাল্লি চাবা হৈতে
লাইধিনি ঐ লাইধিনি
নঙগী খূত্তা লাইধিনি।

খল্লি ঐনা অসুম্না
চৎলিবসে চিংলিবনি
খোঙদা কিদুনা চিংলিবনি
হাইবিবসে চিংলিবনি
খূত্তা পুন্দুনা চিংলিবনি।

উবিবসে মপালগীনি
নঙনা থিনবনা মনুংদনি
লাইধিনি ঐ লাইধিনি
নঙগী খূত্তা লাইধিনি।

উহনবসু নঙর্নি
ভাহনবসু নঙর্নানি
লেঙহনবস নঙর্নানি
থরায মঙাসে লংলানি
মঙালনা শাবা লংলানি
খুজীদি নঙগী নখৃত্তনি
লাইধিনি ঐ লাইধিনি
নঙগী খত্তা লাইধিনি।

আগষ্ট ২৬, ২০০১

## মযাইদা

ঐবু পুন্দুনা চংলিবসে
অঙৌবনি অঙৌবনি অঙৌবনি
মঙালনি মঙালনি মঙালনি
ইপানি ইপানি ইপানি।

ঐগী তুংদা ইল্লিবসে
উদবনি উদবনি উদবনি
অমম্লনি অমম্লনি অমম্লনি
ইমানি ইমানি ইমানি।

ঐনা যেংথবদা উবিবসে
পৃথিবীনি পৃথিবীনি পৃথিবীনি
ঐনা যেংখৎপদা উবিবসে
অতিযানি অতিযানি অতিযানি।

আগষ্ট ৩০ ২০০১

## ব্রাহং পাউখুম

ঐনা হংই পৃক্লীংদা
হে পৃক্লীং!
নঙনা নুংশিবা কবি কবিনো
কনা কনানো?
পৃক্লীংনা খুম্মী
ঈশ্বর জগৎ-সংসার মীওইবা
শা-ঙা জীব জন্তু পুম্নমক।

ঐনা হংই ব্রাখলদা
হে ব্রাখল!
নঙনা নুংশিবা কবি কবিনো
কনা কনানো?
ব্রাখলনা খুম্মী
ইমা-ইপা ঐ, ইতু ইচা, মবি মতা
ঐগী ইমুং-মনুং অমদি মখোযগী লম।

অদুগা থম্মোযদি?
থম্মোযদি অঙাংনি
মবোল থোক্লিবা অঙাংনি
পীক্লিবা অঙাংনি।

*সেপ্টেম্বর ২, ২০০১*

## খূবাক্তা

পৃথিবীসে

ফুগাইনা শাংকাহনবা

লৈ অমনি নীংথিখ্রবা

ঈশ্বরগী খবাক্তা হৌবা

জনৱারী ১১, ২০০২

## ঈশিংলা হকচাংলা

শান্নবিকো শান্নবিকো হকচাংসে শান্নবিকো
ঈশিং ঙাক্তা ওল্লদুনা অচৌবা কোঙ্গুত্তা তূংবা।

ঈথক হৌবি জগোই শাবি
মনীল কাবি লৈনা লৈনা কাবি।

ৱাহৈশিংনা ঙা ওল্লদুনা
মোংলি লূপ্লি লোইবি শীঙ্খুংনা।

শান্নবিকো শান্নবিকো হকচাংসে শান্নবিকো
ঈশিং ঙাক্তা ওল্লদুনা অচৌবা কোঙ্গুত্তা তূংবা।

*জনুৱারী ১২, ২০০২*

## লোৎলিবা অবানবা

ঙাংনা চেংখত্রুনা অঙাংবদা
চিংথবগী লোইবা নাইদনা
নৈখ্রে খল্লববা অবানবা?

নংত্রেগা লুনা তৌদুনা
খিবা যংদনবা নৈনুংদা
কুমখ্রে হল্লববা অবানবা?

নত্তে! নত্তে!
চাউকান চাউকান চংপনা
চাউযেং চাউযেং যেংবনা
খফম খঙদনা লোৎপনি।

খোঙফম অমা লেংঙল্লোই
অচুম্বগী মশেক মঙান্দা।

মে ৭, ২০০২

## অঙক অঙকপা

ঐগা খন্নবিবসে
ঐগী ৱাখলগান
নত্তে অতোপ্পগা।

(২)

যেংববু হৈববদি প্যাথবীসে
মীযাম অমা তোংলদুনা
কোইপাই পাইবিবা
ফম্পাক অমনি।

(৩)

মীনা ঙাওহনবা ঙন্নিবসে ৱাখলানা
ঙম্লেংই ঙাওহনবা
মীগী থম্মোয অমদি পক্লাংবুদি।

(৪)

মীসে
মী নত্তবশিংগীদি
ওন্থোক্লা নুংঙাইববা
মখল মখাগী কৃষ্মেগী
পাত্র ঙাক্তনি।

(৫)

শৈবেং কবম্না ইগদগে
ইদ্রিঙৈদসু খঙদে
ইবগসু খঙদে।

(৬)

নুংশিংকী মনা পাল্লি
লৈপাক্কী মমীৎ পাল্লি
অতিযাগী মখূৎ পাল্লি
ঈশিংসু যি শেৎলি
লৈচীলসু ইকাইবা খঙই।

(৭)

মালেমসে ইমানি লৌববদি
মৈতৈগী লমদমসে
মাগী খোইদৌনি খোইদৌ।

(৮)

মাল্লি যূমসে
শুকংসু
লৈকোলসু
ঈশিংসু।

(৯)

অরাংবা চীং
অকুবা পাৎ
অচৌবা উ—
রাবী শানৈ
রাবী শানৈ
নুংশিৎনা মখোযগী লের্গি।

(১০)

পৃথিবীদগী অতিযা তম্না
কৈবাক অমা য়ুংদুনা লৈ
মী খুদিংমক
থাক অমমমদা
লেপ্লুনা লৈ।

(১১)

মফমসিদা তৌবিবা রাশিংসে
মতোন চপ চপ য়ুংদুনা লৈরে
যমদেক্লবা রাক পাইর্বক্লি।

(১২)

মীনা লাৎনবিবা
মীগী মুর্তিশিংসে
হিংলিঙৈদা-
ইচম চম্বা মী
ওইবম্বা ঙাক্কনি।

(১৩)

অচৌবা অপিকপা
পোৎশক খুদিংমক
ৱাহৈ ওইনা লোইনা লৈ
মীগী হকচাংদা।

(১৪)

গুরুদ্বাৰসে অতিযানি
মসজিদসে অতিযানি
গীর্জাসে অতিযানি
মন্দিরসে অতিযানি
মসে ধর্ম্ম খুদিংনা হায়।

(১৫)

খ্বাইদগী চাউনা ইবা
'অমা' অদুগা
খ্বাইদগী পীক্লা ইবা
'অমা' অদুগা
মাগৈ মাগৈ
মান্নবা লৈ।

(১৬)

মীৎ কুপত্রিবসে শানা
উবা মাল্লি
অঙকপা অমা
পুংঙক ঙক্লবা।

(১৭)

মৈনা শান্নবসু
ঈশিংনা শান্নবসু
অসিখক্তনি—
অমুক চাইথোকপা
অমুক খোমজিনবা,
অমুক চাইথোকপা
অমুক খোমজিনবা।

(১৮)

খ্বাইদগী ফবা লাইবিক্তি
মী খুদিংগী
থম্মোযদা লৈ
উবা ফংদনা লৈ
ইবা ঙমদনা লৈ।

(১৯)

অসূক্কী মতিক শন্দোকখ্রে
অসুক্কী মতিক –
কবানসু কুবান ওইদ্রে
গীতাসু গীতা ওইদ্রে।

(২০)

থিবিবা খুদিংমক
হকচাংগী মনুংদনি
যেংলিবা খুদিংমক
হকচাংগী মনুংদনি।

(২১)

লাপ্না উবগা খঙদ্রিঙৈনি
নক্না উবগা খঙলকপনি
চাউনা উবগা খঙদ্রিঙৈনি
পীক্না উবগা খঙলকপনি।

(২২)

থক চাদে শক্তি তুংদে
ঈশ্বরদি
অদুনা মশাক
হিংদনা অসম লৈ।

(২৩)

ঈশ্বর নত্তনা
পৃথিবীবু চম তৌনা থম্মা
মী অমত্তা লৈতে।

(২৪)

কবিগুম্বা খবা ইবর্দি
কবিগুম্বা খবা চীথর্গনি
কবিগুম্বা খবা ভাংলবদি
কবিগুম্বা খবা কাউথোক্লনি।

(২৫)

বাধানা ঙৌই
কৃষ্ণনা মুই
অমনা অয়ুক্লি
অমনা নুমিদাংনি
অদুননি।

(২৬)

ইগে হায়বসু যাদবা
ইবোই হায়বসু ৬মদবা
পোৎশক অমনি ইশ।

(২৭)

মপান লৈতবা
ফম্পাক অমনি পৃথিবী।

(২৮)

মীওইবগী মশাদা যাওবিবা
রাহৈগী মশিংসে
অমগীসু
অপুনবগীসু
ক্রোব ক্রোবনি।

## ঐগী থৌওং

ঐ মুচানি নাপেংনি
ঐ মুনানি ঋষিনি
ঐ লৌমীনি শিন্মীনি
ঐ শানি যন্নি
ঐ রানি লীনি
ঐ অশেংবা ভাঙবা পামজবা
ইচম চম্না মীনি।

মে ৯, ২০০২

## মখুম ফজবা লাইবিক উবদা

ৱা '
মসে লৈগী যেন্দাযনি
মনম নুংশিববা, ফজববা
মনবা নাইববোইদবা
লৈতনা থল্লবা।

মে ১০, ২০০২

# মীবু লাইবা

মীবু লাইবা, মীবু লাইবা'
কুপ্পবা ভুম অমনা হংই।
মানি নত্তে, মানি নত্তে
খুস্মী মীনা।

মীবু লাইবা, মীবু লাইবা'
থৌববা থাঙ অমনা হংই।
মানি নত্তে, মানি নত্তে
খুস্মী মীনা।

মীবু লাইবা, মীবু লাইবা'
নোংমৈ মক অমনা হংই।
মানি নত্তে, মানি নত্তে
খুস্মী মীনা।

মীবু লাইবা, মীবু লাইবা'
অচুম্বা কৌবা ৱাহৈনা হংই।
নত্তে নত্তে, শুকনৎ নত্তে
খুস্মী ঐনা।

*জনুৱারী ১৪, ২০০৫*

# ৱাখলবু থেমজবা

হেন্নদি খল্লুনু ৱাংনদি খল্লুনু
খল্লু খল্লু হে ৱাখল।

মন্দিরসু নৈরবনি নঙগী হকচাংদা
ঈশ্বরস তেংবানি নঙগী থম্মোয়দা।

হেন্নদি খল্লুনু ৱাংনদি খল্লুনু
খল্লু খল্লু হে ৱাখল।

থাজসু থোকপনানি নঙগী আতিয়াদা
কোরৌস ঙানবনি নঙগী তৈবঙদা।

হেন্নদি খল্লুনু ৱাংনদি খল্লুনু
খল্লু খল্লু হে ৱাখল।

নঙমুক কনবা নঙমুক শিংবা
কৈরঙ খল্লবদে লাল্লি লাল্লি।

হেন্নদি খল্লুনু ৱাংনদি খল্লুনু
খল্লু খল্লু হে ৱাখল।

যেক্লবা যাম্লনি মকুপ্পা লীকপনি
ঈশ্বরবু খঙউ পুম্নমক ঈংগনি।

*ডিসেম্বর ১০ ২০০৫*

## কল্পনাগী জগত্তা

ঐগা তানবিবসে
ঐগী ৱাখলগনি
নত্তে অতোপ্পগা।

(২)

সাহিত্যসে লিববা উপলব্দি
পাউবৌসে উহৈনি।

(৩)

থুংবা থুংদবা
মী খুদিংমক
লম্পী অমা নৎত্রে অমদা
লমজেন চেন্দুনা লৈবিবা ঙাক্তনি।

(৩)

ঐনা
ঐগী অকোযবদা লৈবিবশিংসে
ফজনা উববদি ফৈ
অদুগা---
ঐ নত্তবা অতোপ্পশিংনা
ঐগুম্না উবিববদি
অমুক্তসু হেন্না ফৈ।

(৫)

শাউবকপা মতমদদি
মীসে—
মীবোল লোনবা
শা মাল্লকই।

(৬)

শাউনীংলল্লৰ্বদি মীসে
তেংপাক লৈতুমগুম্না উবকই।

(৭)

মচীন তুম্নবা তেন্নি
অইবগী ৱাহৈ
থিনফম্না থম্মোযনি।

(৮)

খজিক্তং কৌবা ৱাহৈসিনা
মী অনীবু—
যাম্না লাপ্লহল্লি যাম্না।

(৯)

মতম অযাম্বদা
পৃথিবীগী মী অযাম্বনা
অফবা অইবগা
রাবী শানদুনা লৈ।

(১০)

ধর্ম্মগী কল্লবা লংলানা
মীশিংসে—
পুনর্শিন পুনশিন্দুনা থম্লি।

(১১)

ঈশিংগা তিন্নগে খল্লবদি
নুং ওন্দুনা লৈবা যাদে
ঈশিং ওনগদবনি ঈশিং।

(১২)

লোইনা ঙাওই
শানা চীঙাক্তা
মীনা শেলদা।

(১৩)

অযাম্বনা যামদুনা
যামদবনা যামদদুনা
অসুম লৈগনি অসুম।

(১৪)

লৈতুম অমনা অমুক্তা
মী অনী—
পানগদবা নত্তে
অমা পাল্লগা লোইবে।

(১৫)

অযবা ৱাহৈনা থল্লবা মোন
খাঙলদুনা
নুংঙাইনা পোথাবিউ।

(১৬)

নুংশিবা ৱাহৈনা থল্লবা কলম
পাযবিউ।

(১৭)

য়ুনা ঙাওহনবদি
পূং খবদনি
শৈবেংনা ঙাওহনবদি
পুন্সি চূপ্পনি।

(১৮)

উৎলিবসিংগা
ইবিবসিংগা
খেন্নবা লৈতে
যেংবা হৈবা
মীগী মীত্রা।

(১৯)

ঈশ্বরনা
ঐগী মিং ইবিবা
অদুদং
ঐগী ওই।

(২০)

তাদ্রিবা ৱাহৈদো
তৃমদুনা লৈবিবনি
নঙগী থম্মোযদা।

(২১)

ৱাহৈসে নুংনি
খববসে
লৈপাক্কী থম্মোয়নি।

(২২)

মতাং অমমমনি ৱাহৈ
ৱাশাঙ অমমমনি ৱাহৈপবেং।

(২৩)

থিনগৎলক্লি থিনগৎলক্লি
চেঙগুমশিংসে পিনগৎলক্লি
পুল্লপ পুল্লপ লৈশৌবুঙসিদা।

(২৪)

থোংলমদাইদদি উশোইসে
যাম্না খোকতোকপা তাই যাম্না।

(২৫)

তুংদা লেপ্পগুম্বনি
মীতৌ তম্বা
মীনা উবা ফংলোই।

(২৬)

ঐখোযনা শানবিবা ব্রাবীসে
মীনা তাম্রগা
ঐখোযবু —
ভাব তাবা মী মাল্লমগদবা
খজিক্তং খনবা ফৈ।

(২৭)

সনাবু
সনা নত্তে হাযবদা
সনানা শাউগদবা লৈতে।

(২৮)

মী খুদিংগী
মশাদা যাওবিবা অহলদুনা
মী মীদুগী অহলনি
খ্বাইগী অহলনা ঈশ্বব।

(২৯)

থৱাযগী লমদমান
স্বৰ্গ অমদি পাতাল
অনীমক।

(৩০)

অচুম্বগী মতুং ইল্লবা
মীদুগী তুংদ,
মীপুম খুদিং ইল্লক্নি।

(৩১)

নোং ঙাল্লকপগা
খঙদবা অমা খঙলকপগা
মাগৈ মাগৈ।

(৩২)

পাদ্রিউদদি লাইবিকসে
মযোল চোংদ্রিবা মক্নি
পাবগা খঙগনি
ফৌবা
নাপীবা
উফুল্লা।

( ৩৩ )

মঙ্গালগী লম্মী অমত্তুনি
অতৈদি অমম্মা ভাক্কনি।

( ৩৪ )

কান্নদবা
ৱাখম অমা হৈনবসে
নুংশিৎপু উগে হোৎনবা

( ৩৫ )

চহীনা চৎনদে
কন্না শাউবিবা মীদো
অঙাংনি অঙাং।

( ৩৬ )

মী খুদিংমক
মহাভাবতকী পাত্র
অমা নৎত্রে অমদি
ওইবিবনি।

(৩৭)

পান্নীনি হকচাংসে
মবানি খোঙসে
মশানি পান্নোমসে।

৩৮)

চীং অমা কাবগা
লাইবিক অমা পাবগা
মান্নে চপ মান্নে।

(৩৯)

অপাম্বসে অপাৎপনি
মীসে হযিংনি।

(৪০)

অপাম্বনা
তাশিল্লগা শাবনি
মীওইবগী মপোক।

(৪১)

ঈশ্বরদা
মী ওইনা
অমুক্তা পোকচগে হাযদুনা
হার্যবিবা মাল্লি শাশিংসে।

(৪২)

লোইদবি লোইদবি
মহাভারতকী লান
অকনবনা পাণ্ডবনি
অশোনবনা কৌরবশিং।

(৪৩)

হে জগৎ
নঙগী হকচাংদা
রাইহে অমনি ঐ
রাইহে অমা।

(৪৪)

খণ্ডনা খণ্ডবা শাবদি নুংশি
খণ্ডলগা খণ্ডবা শাবদি শাউনীংই।

(৪৫)

চেকশিনবিদ্রবা নঙগী পোত্তুনা
নঙবু ব্রাবৌগনি
মহাক্লা হুবানববু কৌগনি।

(৪৬)

হৈখোকসে লেঙদবনি
অতিযাসিদা—
ধ্রুবসে লেঙদবনি।

(৪৭)

ব্রাহংগা ব্রাহংগা লংনবদি
থোক্কনি মৈবিক
মবমদি—
ব্রাহংদি নূংনি।

(৪৮)

মতম পূম্নমক্তা
মী খুদিংমক
ঈশ্বববু—
খুকমদুনা লৈ।

(৪৯)

অঙানবসে নোংপোক্তা লৈ
অমম্বসে নোংচুপ্পা লৈ।

(৫০)

খৎনবিবা মীশিংদো অঙাং ঙাক্তনি
অহল অমত্তা যাওদে
খন্নবিবা মীশিংদো অহল ঙাক্তনি
অঙাং অমত্তা যাওদে।

(৫১)

লৈ পাযদুনা চৎলিবা মীগা
মৈ পাযদুনা চৎলিবা মীগা
লাপ্পে যান্না লাপ্পে।

(৫২)

মীগীতা নত্তে
জীব খুদিংগী বিচাব
তৌনি ঈশ্বরন।

(৫৩)

সহবসে খোইবানি
ঐখোযসে খোইনি।

(৫৪)

ষ্টেজ অমদা থোক্লকৃবা মীদুদি
কৈবাক অমগী মখোঙদা লেপ্লবনি
কৈবাক অমগী।

(৫৫)

মপোক খুদিংমক
ঈশ্বরগী লম্বীদা চঙশিল্লিবনি
মীওইবগী মপোক্তি যাম্না নক্লবনি।

(৫৬)

যেংলক্লিবসে রাহংনি,
নঙ বাম ওইযু
অদুগা---
রাবণগী শক্তমদা চোংথোক্লক্লিবা
কাঙসে হাৎলু।

(৫৭)

হিন্দুগী মবক্তা
হিন্দুসে খজিক্তনি
মুসলিমগী মবক্তা
মুসলিমসে খজিক্তনি।

## মবম

মীনা তৌবির্বাশিংসিগী মবমদা
কবিগী অদুম্মা ঙাঙলীংলিবনো”
মদুনা মীদুবু কযা যাম্না
চুমথোকপা ঙমগদ্দগে নংত্রগা ঙল্লগদগে”

শাউবগী মবমসু চুমদবগুম্মা খল্লি
কপ্পগী মবমসু চুমদবগুম্মা খল্লি
নোকপগী মবমসু চুমদবগুম্মা খল্লি
তুমিন্না লৈবতনা চুম্রবগুম্মা খল্লি।

কদায়দা লাল্লি কলিদা শোর্যান
পুখৈ ভুনা যেংঙু, মুন্না যেংঙু
মীওইবনা তৌবিবা খুদিংমক
অশোইবা অমত্তা যাওদবগুম্মা
অনানবা অমত্তা ওইদবগুম্মা
উবকপা যাওবনি, খল্লকপা যাওবনি।

জুন ১১, ২০০৮

## ঊনা

পৃথিবীদা লৈবিবা লাইবিক খুদিংমক
ঊনা ঙাক্তনিনে ঊনা
শিবা কৌবা লৈত্রবা
ৱাং চাউববা লিববা
উজাউ উবেল অমগী
ঊনা ঙাক্তনিনে ঊনা।

কোনবা থুংদনা চাউববা
উবদা তুবু চুংলিবা
কনামত্তনা যানগেসু ঙমদ্রবা
ৱাং চাউববা লিববা
হে লাইওইববা উজাউ উবেল।

খঙলে ঐ খঙলে
উবে ঐ উবে
নঙগী কাউঙম্নবোইদবা শক্তম
থম্লে যেক্লনসু লকানুংদা
চেৎনা ঐগী থম্মোয লকানুংদা।

চুমদবা খুম্মু—
মল্লবা লিববা মযেকসে
কংলবা কেল্লবা ঊনানি
মতম অমদা নপ্লম্বা
নঙগী নশাদা হিংলম্বা।

ফোঙবদা ঙাযবিবা লাইবিকসে
নৌববা থোৎলবা যেন্নীংনি
নঙগী নশাদা চোংলকপা।
পূম্নমক উনানি উনা
পূম্নমক উনানি উনা।

*সেপ্টেম্বর ৯, ২০০৮*

## অঙকপা শো

ৱাহৈ লৈতনা পোৎ লৈতে
পোৎ লৈতনা ৱাহৈ লৈতে।

অসুম্না ঐনা হেক হেক খল্লি
অমসুং উবকই পূক্লীংগী মীৎযেংনা
জগৎ সংসাবসে কবিমত্তা লৈতবগুম্না
ৱাহৈ ঙাক্তা ওনখ্রবগুম্না
পূমহাঙ হাঙলবগুম্না।

অশেংবসু মীৎ অনীমক উইশিল্লবদি
কবিবু উবা ফংবগেনে
অমম্বা অমদি মাগী মনুংদা
থীঙমদ্রবা থৱান্মিচাক কযা
নুমিৎ থা অনী
অসিখক নত্তনা।

ৱাহৈ লৈতনা পোৎ লৈতে
পোৎ লৈতনা ৱাহৈ লৈতে।

অদুদগী, মীকুপ খবগী তুংদা
তামথ্রবা মফম অমদা
উবকই শংবান্নবা যূম অমখক।

যেংঙি ঐ যেংঙি,
ইমীৎ অনীমক কৃপ্তুমখৈ
ঐগী মীৎযেংবু চিংশিল্লিবা যুমদো
ওঙ্খোক্লা নুংশিত্রবা যূমদো।

ৱাহৈ লৈতনা পোৎ লৈতে
পোৎ লৈতনা ৱাহৈ লৈতে।
হন্দক্তি—
নুপী অমা উবকই যূমদুদা চঙখি
নুপা অমা উবকই যূমদুদা চঙখি
মওংদুনা, লাঙতক্লবে থম্মোয
চঙশিল্লে মীৎযেংগী মতুং ইন্না
যূমদু তম্লা।

অসুম অসুম নকশীল্লগা
উবকই অমুক, মথং মথং
ঈশিং ঙা শা উচেক ৱাযা
উপাল ৱাপাল নাপী-শীংবী
পূম্নমক
মাগী অকোযবদা।

ৱাহৈ লৈতনা পোৎ লৈতে
পোৎ লৈতনা ৱাহৈ লৈতে।

হৌজিক—
নক্লা চঙশিল্লে ঐ
উবে, ওইবল্লে চঙখোনখ্রবা চাউববা যুম অমা
ঈশ্বরগী খূদোল ওইবা
মীওইবগীদমক শেম্বিবম্বা
পূক্লীং হূনীংঙাই ওইবা।

ইহাং হাংদোক্লুনা লৈবম্মী কোম্থোংদো
থোঙদুদি থিংলম্মী চেকশীন্না
মণি-মুক্তা থাল্লবা থোঙদুদি
চেকশীন্না থিংদুনা লৈবম্মী।

কৌবে ঐ, কনা কনা লৈবগে
যুমসিগী মপু ওইবা
কুইবে কৌবা—
খুল্লক্তে কনামত্তা তাদে মীখোলসু।

যেংলে ঐ যেংলে
থিবে ঐ থিবে
থোঙদো হাংদোক্লবা শো
লোল্লিবা থোঙদো হাংদোক্লবা শো।

ৱাহৈ লৈতনা পোৎ লৈতে
পোৎ লৈতনা ৱাহৈ লৈতে।

কাইনথংদা —
খংপ্রেক খংঙি উবকই
ইনক নক্লা খূৎনা লাম্বা ফংবা মফমদা
থোঙদুগী হেক নাকন্দা, যেৎথংবদা
যান্দুনা নৈবম্বা শো অমা
থোঙদো হাংদোক্লবা শো।

যেংলে পাযদুনা ইখূৎমক্লা শোদু
থাজবোই!
নীংথিখ্রে চঙখোনখ্রে মদু
ওম্থোক্লা মশেক মঙাল নৈখ্রে
মমিংনা কবি—
ইবি যেংঙু সনাগী মযেক্লা
শোসিগী মমিংসে 'গীতা' হাযনা
ময়েক শেংনা।

*সেপ্টেম্বর ৩০, ২০০৮*

## মৈবাঙ্বী

ঐনা হংঙি মৈবাঙ্বী অমদা
নহাক ঈশ্বর উববরা
উবে খুল্লকই মানা,
অনীশুবা ওইনা ঐনা অমুকসু হংঙি
মহাক কবিনো
মৈনি খুল্লকই মানা।

ওক্টোবর ৩, ২০০৮

## ওইথোক্কবা

মিকুপ খুদিংগী মীনা
থি যেংঙি, হংঙি লেপ্তুনা
কদাযদা ফংঙি হাযদুনা
চুমদ্রিং চুন্নবা, খজিক্তা খোযদ্রবা
যোংচৈ অমা।

খঙদে কবিগীনো, কবি মবমগীনো
'সিগুম্বা থবকসিবু মীনা
থবক্কি হাযনা খন্দুনা
তাঙলবা মতম্মু মাঙহল্লিবা।

থাদোকউ থাদোকউ অদুগুম্বা বাখল
তৌকনু অমুক ১১' অদুগুম্বা থৌদাং
তংকদবা লৈববা লংগুম্বা খজিক্তং চিংবদা
তেক্কদবা লৈববা শীংনাংগুম্বা খজিক্তং মূকপদা
কাযগদবা লৈববা ভূমগুম্বা লৈঙ্গোইগী।

হে নুংশিববা ব্রাখল
নঙনা ঐগী ব্রা তাদদুনা
অমুক হন্না পাঙথোক্লীংলবদি অসিগুম্বা থৌদাং
শোযবোই থোক্কনি মদু
ফূদিংতা মাঙজোং চোংগুম্না
শেংলবনি মসে
ওইথোক্কবা হায়বদুনি নংত্রগা চোইবোল।

*ওক্টোবর ১২, ২০০৮*

## শৈবেং

কবি মবমগী
কবম্বা মবমগীদমক মীনা
তোঙান-তোঙান্না খাযদোক্লিবনো
লাইবিকশিংবু
ব্লাবেংনি ব্লাবীমচানি, অর্মাদ উপন্যাসনি
হাযনা।

যানীংদে ঐ যানীংদে
খজিত্তা যানীংদে
যেৎকনি পুন্সি চূপ্পমা
(উইনে ঐন্না চপ মান্ননা খূৎই
খুদিংমক কবিমঙা খেন্নদনা)
নৎত্রগা লাউগনি শৈবেংনি হাযনা
ইমীংনা হেক উবিবা খুদিংমক।

যেৎনীংববা মরূপ নঙবু
থাজদদুনা ঐগী ব্লা
(ফবেনে, মদু ওইববদি)
লৌথোক্লো যেংসি খূৎই খুদিংদগী
কল্পনাগী শরুকমখৈ
নৎত্রগা যাওহল্লোইসি ব্লাঙাঙ অমত্তা
তাইবঙনা থব্লায পান্দে হাযনা লৌনবিবা
পোৎশক খুদিংমক্কী, খূৎইদুদা যাওবা।

(ফীবমসিদবু, খুম্মুনে মৰূপ)
উবোইদবা নঙসু পূম্নমক
হাঙলবা যেৰুমগুম, মকৃ ঙাক্তা ঙাযববা
নংত্রগা মাল্লোইদবা মেৰুক মচা অমখক
লশিংগী মফোলতনা যাংলবা।

সুব, সুবগী ওইববদি
শকচগে ঐ ঈশৈগুম
মাধবী কৌবা উপন্যাসতো
নংত্রগা ঊৎচগে ইথোক্কুনা শৈবেংগুম
ব্রাহে খুদিংমক লাইবিক্তুদা যাওবা
কবিমত্তা মপোপ কাযহন্দনা
ঙমগনি ঐ ঙমগনি।

*ওক্টোবর ১৮, ২০০৮*

## নুংশিৎ

ঐনা হংঙি নুংশিৎতা
নঙবু হাঙববনে
হাঙদে খুল্লকই মানা।
অনীশুবা ওইনা ঐনা অমুকসু হংঙি
কবি লৈ নঙোন্দা
'খঙদবা উদবা পূম্নমক' খুল্লকই মানা।
'অদুদি' শোম্বাংননা শোল্লুই ঐনা
'খাইদগী কনবা মীনিনে ঐ' শোল্লকই মানা।

ওক্টোবর ২০, ২০০৮

## গুরু

ঐনা হংঙি অচুম্বদ'
ইচা মীচা নাইদবা
অচুম্বা চৎপা
অশেংবা ঙাঙবা
মী কযা লৈ?
অহুমখক্তং, শৃম্নগী অহুমখক্তং
খুম্নকই মানা।
অনীবকশুবা ওইনা ঐনা অমুকসু হংঙ
কনা কনানো মখোযদু
মৈ ঈশিং নুংশিৎ
মৈ ঈশিং নুংশিৎ
মৈ ঈশিং নুংশিৎ
খুম্নকই মানা।

*নবেম্বর ১৪, ২০০৮*

# কেকু লোৎপী

মতম অমদা খল্লম্মী ঐনা
নুপী পূম্নমক ইমানি হায়না।

'কবম্না' হংলকপগুম তৌই কনাগুম্বা অমনা
পাউখুম ওইনা পীকই ঐনা—
অঙাং ওইববীশিংবু অঙাং ওইবিবী ইমানি হায়না
মপুং-মবৈ ফাবক্লবীশিংবু মপুং-মবৈ ফাবক্লবী ইমানি হায়না
অহল ওইববীশিংবু অহল ওইববী ইমানি হায়না
পূম্নমক ইমাগী শক্তম লৌববী ঙাক্তেনি হায়না।

চৎলম্মী ঐ, লৃকথদুনতা
যেংলদুনা মীগী খোঙদতা
লেপ্লম্মী ঐ, মসিতনা উপায়নি
লাইজগুম খীক্লুনা ব্রাখলগী মৈবীবু মৃৎননবা।

অদু ওইববদি, কদায়দা লৈখ্রে নঙগী তালোয়দি
হংলকপগুম তৌই কনাগুম্বা অমনা
পাউখুম ওইনা পীকই ঐনা—

উদে মহাক উদে, লৈতে মহাক লৈতে
খঙদে চঙথ্রববা ঐগী হকচাংনুংদা
পীকখ্রবা পোৎশক অমা ওইনা
নৎত্রগা শান্নবিবা হায়বদুবা 'কেকু লোৎপী'
মিকুপ খবগী ওইনা
খঙদে ঐ খঙদে।

*ডিসেম্বর ৫, ২০০৮*

## ঐগী অকিবা

ঐগা খন্নবিবসে
ঐগী ৱাখলগনি
নত্তে অতোপ্পগা।

(২)

মাঙদা চৎলবোইসি মাঙদা
খজিক্কুং ওইববসু ঐখোয
তুংদা হন্নসি।

(৩)

চৎনবী খুদিংমক শেমদোক্লীংঙাইনি
নিযম খুদিংমক থৌবীনি।

## অথুপ্পা শক্তম

তাদবা উদবা খঙদবা
ফিদা অহুমগী মথক্তা
লেঙদনা ফম্মুং ঈংনা ফম্মু
অদুগা অমুক্তং শোল্লু, নুংশিনা শোল্লু
পৃথিবী কৌবা ব্রাহৈদো
পাম্মুবা কৌবা ব্রাহৈদো
অদুগা তুমিন্না লৈযু; কুইনা লৈযু
শোযদ্রে যাওববনি নঙোন্দা
পৃথিবী কৌবী পলেমদো।

অদুদগী, অনীবক শুবা ওইনা
অমুক্তং শোল্লুং নুংশিনা শোল্লু
অতিযা কৌবা ব্রাহৈদো
অহাঙবা কৌবা ব্রাহৈদো
অদুগা তুমিন্না লৈযু, কুইনা লৈযু
শোইদ্রে যাওববনি নঙোন্দা
অতিযা কৌবা পস্থৌদো।

হন্দক্রা, অহুন্নক শুবা ওইনা
অমুক্তং শোল্লু, নুংশিনা শোল্লু
ঈশ্বব কৌবা ব্রাহৈদো
চানবীবা কৌবা ব্রাহৈদো
অদুগা তুমিন্না লৈযু, কুইনা লৈযু
শোযদ্রে যাওববনি নঙোন্দা
ঈশ্বব কৌবা শক্তমদো।

১৫, ২০০৯

## অয়ূক অমা; ইশূগা

উদুনতা লৈবে কূম্মৈদো
ফি শূবগী থবক্তো
ইশূনা উৎখিবা লীলাদো।

[মবম ওকপী, অহল-লমন্না হায়বা ইনবী অঙাং ওইগদবনি হাযকবদগী, চহী মঙা মপূং ফাদ্রিবী ইশূনুপী (গুন্দু)দু ফি শূগনি হাযদুনা পুম্রে হবাও-হবাও ঐগী মল্লবা ফূবিৎ, কমাল (অশংবা) অমদি ফদি অহুমখক। ঐনসু পুথোক্তুনা পীবে পূখম (খুদেং) অমা, খুজাই (সনাবুন) অমা অমদি খূদোল অনীমুক পাকপা উচেৎ (হাংমৈনা ফক্লকপা) অমবুনা ফিশূ সাবননি থাজহন্দুনা। অদুদগী নাকন্দা লৈবিবা কাপমুক পাকপা কংলবা নালাদু থিন্দুনা তাক্লে মদু লূববা পাক্লবা তুবেলনিং মখল-মখাগী ঙা অমদি কিববা চাউববা গুন্তীবনচিংবা লৈববা। ঐগী ব্রাদু মুন্না তাবল্লগা হৌখ্রে ঈশিং শোকপা, হৌখ্রে ফি শূবা, মবোল শেংনা থোক্লবী ইশূদো।]

উদুনতা লৈবে কূম্মৈদো
ফি শূবগী থবক্তো
ইশূনা উৎখিবা লীলাদো।

[মচু তানা শূববা ফিশিংদো পোলাংখোক্তা ফৌদোক্লে, অদুদগী উবে মাগী নুংঙাইববা

ঈকুজবগী কৃম্মৈ। মথংদা খুজাইদু ঈশিং থনকোক
শোক্লদুনা সনাবুনশুম শেগাদা যেপ্লগা তুবেলদগী
কাখৎলক্লে অদুগা কৌনাফক্লা কোযশিল্লবা
মাঙ্গোলগী কাচিন অমদা উৎলক্লে মথং মথং —

চাকথোংবী শান্নবগী কৃম্মৈ
(হবাওনা চাৰ্মন-থকমিন্নবগী মতৌ উৎপা)
পোৎফম ফন্বী শান্নবগী কৃম্মৈ
(চেজেৎনা পৈশা ওইবা যানবা)
ফি যোনবী শান্নবগী কৃম্মৈ
(মদুদসু চেজেৎনা অসুম পৈশা ওইবা যাবা)
কৈথেল কাবী শান্নবগী কৃম্মৈ
(মেৰুক মচা অমনা থুমোক ওইবা)
ইকোন কোনবদনা—
নুংঙাইববা লাইথিগী কৃম্মৈ।]

উদুনতা লৈবে কৃম্মৈদো
ফি শূবগী থবক্তো
ইশূনা উৎখিৰা লীলাদো।

জুলাই ২৮, ২০০১

## চেনা অমা

পৃথিবীসি শূন্নগী লামায় অনীখক্তং পানবা
লাইবিক অমনি।
যেংঙু মায়কৈ অমদা ইবি লান
অমদনা শান্তি শান্তি।

*আগষ্ট ২০, ২০০৯*

## সনা অমদি উৎ

নুংশিবনা হায—
ঐসে!
ফোঙদোক্লিমখৈ সনানি
হেক ফোঙদোকপদনা উৎ উৎ।

আগষ্ট ২২, ২০০৯

## ঐগী অপাম্বা

ঐগা তানবিবসে
ঐগী ৱাখলগনি
নত্তে অতোপ্পগা।

(২)

অমংবা নোংনি
ফোঙদোক্তবা ৱা
ফোঙদোকউ ফোঙদোকউ
অশংবা অতিযাসে
যেংনীংই ঐ।

(৩)

ঐ উচেক ওইগে
নঙ কৈ ওইযু
কবিসু কাযদে,
ঐগী যূম্না উথক্তা শাগে
নঙনা জঙ্গলদা লৈযু
কবিসু কাযদে।

(৪)

চৎত্রবশিংদুনা মাঙদা
লাক্কদবশিংদুনা তুংদা
হে লক্ষ্মী চৎপা
নঙগী লক্ষ্মী খঙউ।

(৫)

কনাম‌্গো মকুপ ওইদবা
কনামত্তগা যেক্লদবা
মীদুগী মতুংদা চৎনীংই ঐ।

(৬)

ঙবাং ফাওবগী ৱা পূম্নমক
ঐ কাউথোকখ্রে
হযেংগীসু কবিমত্তা খন্দে
ঐমুক নুংঙাইবা মী অমা
কদাইদা লৈবমগনি কদাইদা।

## ব্রাহে লাইনি

খল্লি হৌজিকসু ঐ—
পঙখ্রেদা শজিদো, শজি অমোমদো
মশাগী খোইদৌদগী তৌবকপা কস্তুরীগী মনমদা
চেল্লি, চোংলি ঙাওবদুনা
যেংই মাইকৈ মবিদা,
তোকই খঙদদুনা পুক্সিদুম।
খঙবা শুকঙম ঙমদনা।

তাইবঙদি, তাইবঙ মীওইবদি
ও' নুংশিববা শজি
নঙগুম্বনি ঐখোযসু—
ইশাগী মনুংদা লোত্তুনা লৈবা অচুম্ববু
উবা ঙমজদদুনা, খঙজদদুনা
শাগৎলি মন্দিব, থিবি মাগী মনুংদা
নৎত্রে মসজিদতা।

*অক্টোবর ৯, ২০১০*

## নুমিৎ

মৈ পূম্নমক্কী হৌবকফম্নি নুমিৎ
মৈ পূম্নমক্কী তিনফম্নি নুমিৎ।

খ্বাইদগী চাউববা মৈনি নুমিৎ
খ্বাইদগী ঙাল্লবা মৈনি নুমিৎ।

খ্বাইদগী শাববা মৈনি নুমিৎ
খ্বাইদগী কল্লবা মৈনি নুমিৎ।

মৈ পূম্নমক্কী হৌবকফম্নি নুমিৎ
মৈ পূম্নমক্কী তিনফম্নি নুমিৎ।

*নবেম্বর ২০, ২০১০*

## অচম্বা

বুদ্ধস্ থোবকসনু
মহাবীবস্ থোবকসনু
যীশুস্ থোবকসনু
মহম্মদস্ থোবকসনু
গুরু নানকস থোবকসনু
মখোয় মঙামক থোবকসনি।

মখোয় বাবী শানসনু
মখোয় বাবী শানসনু
মখোয় বাবী শানসনু
মখোয় মঙা বাবী শানসনু।

অমনা হায়বসু যাগনি
অমনা হায়বসু যাগনি
অমনা হায়বসু যাগনি
চুম্মী, চুম্মী ঙাক্তা হায়নগনি।

মখোয় কর্পমিন্নগনি
মখোয় কর্পমিন্নগনি
মখোয় মঙামক কর্পমিন্নগনি।

*নবেম্বর ২৫, ২০১০*

## কল্পবৃক্ষ

হে কল্পবৃক্ষ
নঙগী মবমদতা, খন্দুনা লৈবেনে ঐনা
মতম অযাম্বদা
অদুনা যেক্তবা ঙমদদুনা
যেকচবি নঙগী শক্তম
ৱাহৈগী তুবিনা।

মান্নদে খঙই, নঙগী নওংগা
অচম্বা তাইবঙগী মীৎযেংনা উবা ফংলিবা
হৈপাল লৈপালগীং মওং মতৌগা।

ওঃ খঙলে নঙসে
উপাল পূম্নমক্কী উপালনি
থৱায পূম্নমক্কী থৱাযনি
থৱাযগী হৌফম্নি
থৱাযগী শাৎফম্নি
থৱাযগী কেনফম্নি।

ক্রোব ক্রোবনি নঙগী নবা
মাযকৈ খুদিংদা শন্দোক্লিবা
মতোন্দনা—
নপ্লি লৈবি লংলবা থৱানশিং
থৱায়গী হৌবকফম ওইববা।

মথংদনা—

অঙকপা ফংনা চাউখ্রবা, মউ অমা
হাইথবক্লি পৃথ্বিতম্না
থীঙমদ্রবা মশা মবেং কয়া লোংলদুনা।

হে কল্পবৃক্ষ
উবে হৌজিক পাল্লে হৌজিক
নঙগী নশাশিংদা
থরানগী মশিংগা মান্নববা
মহৈ মপাল পূম্নমক
জীবগী শক্তম লৌববা।

*নবেম্বর ৩০, ২০১০*

## ওইথোক্লরোইদবা

ঐগা ঈংনা ঙাঙনবিবসে
ঐগী ব্রাখলগনি
নত্তে অতোপ্পগা।

(২)

চহি ক্রোব ক্রোব চঙনা
থিববসু মীনা
পৃথিবী সিগুম্বা
খুন্দা লৈতাবা যাবা
গ্রহ অমা
ফংলবোই
সুকফং ফংলবোই।

(৩)

হন্না হন্না হোৎনদুনা ঙম্লিবসে মীনা
ঙম্বা যাবদুনি
ঙম্লোইদবা কযামা লৈ
পুন্সিচৃপ্পা হোৎনববসু ঙম্লবোইদবা।

(৪)

ঙমখিবা হাযবসে
অকনবনা অশোনববু ঙমখিবা ঙাক্তনি
অশোনবনা অকনববু
কৈদৌনুংদসু
ঙমখিবা লৈত্রি।

(৫)

য়োংনা মণিবু
চু নত্তে হায়দুনা
হৃন্দোক্লক্কনি।

(৬)

অতোপ্পা মীগুম্মা
ইশাবু উজবা ঙক্লবদি
খঙবা ঙমগনিকো
ইশাগী অশোযবা।

(৭)

স্বর্গ লৈতে হাযববদি
স্বর্গ কৌবা ব্রাহৈসে
শীজিন্নবনু
নোবোক লৈতে হাযববদি
নোবোক কৌবা ব্রাহৈসে
শীজিন্নবনু।

(৮)

ব্রায়নবা যাদে অমত্তা
মীৎসু
লৈসু
নাতোনসু
নাকোঙসু।

(৯)

হে পৃক্লীং
নঙনা চৎলিবা লম্বীদো
ঐগী মীৎনা
উগে ফংদে।

(১০)

হে হিমালয
নঙনা মী ওন্দুনা চোংথোক্লক্লবদি
নঙগী শক্তিদো
নঙগী শক্তিদো।

(১১)

খংথেক থেকপা
যাবা নত্তে যোৎ
খজিক খজিক
খজিক খজিক।

(১২)

মী পূম্নমক্না
যানবা চৎপা ঙস্বা মী
লৈতে অমত্তা।

(১৩)

তেনগে তেল্লু
শাংগে শাংউ
চুম্মা চৎত্রবদি
পম্লুং যৌবগী ব্রা লৈতে

(১৪)

লোইবগী ব্রা
খক ভাঙগনু
উ অমা যাল্লে
উখোক্তু লৈতৌই
হৈ অমা চান্নে
মকদু হন্দোকই।

(১৫)

ঈশিং চাইবগা [illegible]
কৈদৌউ পেল্লক্কা।
মীবোল চম্বিবগা হৈবু
কৈদৌউ ভাঙলক্কনি।

(১৬)

অচুম্বা লৈত্রে হায়গনু
নহাক লৈত্রে হায়যু।

(১৭)

ঈশিং মবিক অমা
পুথোক্কদবা মী
লৈতে জগৎসিদা।

(১৮)

চহি ক্রোব ক্রোব ঙাইববসু
খক উববোই
অনীশুবা নুমিৎ অমা।

(১৯)

লেম্ফুগী মথক্তা
লৈ ঈশ্বর
কদাইদগী উবা ফংগদগে।

(২০)

চপচাবা পৃথিবীগী মীশীং
হাযবা ঙম্লোই কনামত্তা
মবমদি মসে
মিকুপ খুদিংগী হোংই।

(২১)

লৈপাক্তা অসুম লেপ্তুনা লৈবগা
যাবোই খক ৱাংবা
কৈবাক অমা চংই
কৈবাক অমা।

(২২)

অশেংবা তৌনীংই হাযদুনা
পৃথিবী যেক্লবা
পৃথিবীমুক পাকপা চেদু
কদাইদগী লৌকৃগনি
অশেংবা উৎনীংই হাযদুনা
অতিযামুক চাউবা ফিজংদু
কনাদা শাহল্লুগনি।

(২৩)

চীং যেক্লবা চেদু চীংমুক ৱাংলববা
পাৎ যেক্লবা চেদু পাৎমুক পাক্লববা।

(২৪)

ঙাওদবদি মানবা
ঙাওবদি ঙাওবা
লাযেংবদা লুববা অঙাওবনি।

## নুং-পান

মীৎ উইশিল্লবা মতমদা
পোৎশক খুদিংমক
লৈ মনুংদা,
মীৎ পাঙথোক্লবা মতমদা
পোৎশক খুদিংমক
লৈ মপান্দা।

জগৎ সংসাবসিবু শেম্বীবিবা হে ঈশ্বব
মতম পূম্নমক্তা হিংবা হে ঈশ্বব
নঙসে
কযাদা ব্রাং চাউবমগদবা
কযাদা ব্রাং চাউবমগদবা।

খঙলে চুম্মী নঙসে
লাপ্লে চাউনা উগনি
নক্লে চাউনা উগনি।

মে ১৩, ২০১২

## মতমদো মতমদো

ধর্ম্মপদ পাবা মতমদা
বুদ্ধগী পুন্সিদো নীংশিংউ
মাগী মতমদো নীংশিংউ
মতমদুগী হৱা নুংশিৎ যূন্লে কৈবৈ
লম্বী থোং পূম্নমক নীংশিংউ
থেংনগনি বুদ্ধ ইচম চম্বা মী অমা ওইনা।

বাইবল পাবা মতমদা
যীশুগী পুন্সিদো নীংশিংউ
মাগী মতমদো নীংশিংউ
মতমদুগী হৱা নুংশিৎ যূন্লে কৈবৈ
লম্বী থোং পূম্নমক নীংশিংউ
থেংনগনি যীশুসু ইচম চম্বা মী অমা ওইনা।

মাধবী পাবা মতমদা
কমলগী পুন্সিদো নীংশিংউ
মাগী মতমদো নীংশিংউ
মতমদুগী হৱা নুংশিৎ যূন্লে কৈবৈ
লম্বী থোং পূম্নমক নীংশিংউ
থেংনগনি কমলদো ইচম চম্বা মী অমা ওইনা।

মে ২১, ২০১২

# প্রকৃতি পুরুষ

মৈ ঈশিং
হৈ লৈ
অৰাংবা অনেম্বা
অকনবা অশোনবা
অযুংবা অফৈবা
থাইদোকপা তিনশিনবা —
ৱাহৈ অনী অনীদনি
নুপা নুপী শক্লবা
প্রকৃতি পুরুষ হায়নবা
পোংশক খুদিং শোম্লিবা
মাঙবা তাবা লৈত্রবা।

হো চুম্মা চুম্মী
খুম্মা পৃক্লীংনা
তাবদা হবাওইজে ৱাখলদো
কুইনা কঙ্গাওনরুববা ৱাখলদো
পেঞ্জৈ থম্মোয়নসু মাগী ৱাহংগী
পাউখুম ফংলে খঙ্গদনা।

মে ২৯ ২০১২

## খন্ন নৈনবা

উপন্যাস অমদি ৱাবীমচাগী ফজবদি
খঙই মীপূম খুদিংনা
শৈবেংগী ফজবদি
খঙই মী খবতনা।

(কবি কবিগুম্বদা ঐনা খল্লি, তেল্লবা শৈবেং অমদা যাওবিবা ৱাহৈসে কযাদা যামখিদ্রবা, অদুগা মদুনা ফোঙদোক্লিবা অর্থদুনা কযাদা ফজবিবা। পূম্নমক্কী মথক্তা মঙোন্দা ফুন্নিবা নুংশিববা সুব।)

উপন্যাস অমদি ৱাবীমচাগী ফজবদি
খঙই মীপূম খুদিংনা
শৈবেংগী ফজবদি
খঙই মী খবতনা।

(উপন্যাসসু ৱাবীমচাসু শৈবেংসু অইবা অমগী মঙলান্দা শাগৎলকপা কৃষ্মে ঙাক্তনি। তৌবদবু উপন্যাস অমদি ৱাবীমচানা তাইবঙপালগী ওইবা ৱাখলদা তোংলগা শাগৎখিবা অদুগা শৈবেংনা মহৌশা নৎত্রগা ঈশ্বরদা চঙজবগা শাগৎখিবা।)

উপন্যাস অমদি ৱাবীমচাগী ফজবদি
খঙই মীপূম খুদিংনা
শৈবেংগী ফজবদি
খঙই মী খবতনা।

*(তেন্না ইবা অবাযবা নত্তে। মী খুদিংনা চীন্দা পুগদবা ষ্টেঞ্জা অমদং ইবা ঙন্না অবাযবা নত্তে।)*

উপন্যাস অমদি ৱাবীমচাগী ফজবদি
খঙই মীপূম খুদিংনা
শৈবেংগী ফজবদি
খঙই মী খবতনা।

(চাননবা পোৎশক্কা চাংদম্নববদি উপন্যাস অমদি ৱাবীমচাদি চাক্কুম্বনি, তলগুম্বনি অদুগা শৈবেংনা মখোযগা তোত্তুনা চামিন্নগদবা ইঙ্গ্লাং।)

*মে ৩০, ২০১২*

# পূম্নমক্কী ঈশ্বর

*(কবিবত্ন লাইশ্রম সমবেন্দ্রগী ৮৭ শুবা মপোক নুমিৎ জুলাই ২০,২০১২ ইংদা পোক্লফম পব্লিকেসন্সনা ফোঙদোকখিবা 'লাইশ্রম সমবেন্দ্রগী অপূনবা লাইবিক' কী মনীংথংবা চেৎমদা যাওবা ওজাগী ফোটো উকবদগী ইখিবা।)*

ধর্ম্ম খুদিংনা কৌনবিবা
মীওইবা জাতিনা নীংনবিবা
অমত্তা ওইবা ঈশ্বরদি
অতিযাদা লৈ
অহাঙবনা মাগী মযূম্নি।

মালেম পূম্নবু যেংলিবা
মগুণ চাউবা মহাক্তি
অতিযাদা লৈ
অহাঙবনা মাগী মযূম্নি।

পোকপা শিবা লৈতবা
চাদবা থক্তবা তূমদবা
তৌবা ঙম্বা মহাক্তি
অতিযাদা লৈ
অহাঙবনা মাগী মযূম্নি।

অচুম্ববু ঙাক্লিবা অবানববু মাঙহল্লিবা
থাগৎকদবা খুরুমগদবা মহাক্তি
অতিযাদা লৈ
অহাঙবনা মাগী মযূম্নি।

*জুলাই ২১, ২০১২*

## খ্বাইদগী চাউবা হূরানবা

ঈশ্বরগী পোৎ
ঈশ্বরদা তাক্তনা হূবাল্লিবা
মা'মুক চাউবা হূবানবা অমা
লৈতে মালেমসিদা।

*সেপ্টেম্বর ২৯, ২০১২*

## খূৎ খূৎ

অতিযা নঙ অৱাংবা খূৎনি
পৃথিবী নঙ অনেম্বা খূৎনি
অতিযা নঙ পীবিবা খূৎনি
পৃথিবী নঙ লৌবিবা খূৎনি।

*ডিসেম্বর* ১৩, ২০১২

# লৈ পরেং

হে ঈশ্বর
হৌখিবা ওইবিবা অমদি ওইবরকদবা
মতম অহুম্মক্তা হিংদুনা লৈবা
হে ঈশ্বর!
খল্লিনে ঐনা অসুম্না
নঙগী উইশিনবা লৈত্ত্রবা মীতুনা
শঙ শঙনা উখিবা
তাইবঙবক্তা খোঙদাবকখিবা
বুদ্ধসু যীশুসু নানকসু মুহম্মদসু মহাবীরসু
নঙবু উখিবা ঙাক্তনি
নঙবু খঙখিবা ঙাক্তনি।

খঙইনে ঐনা মসিমসু
মখোয়না শন্দোকপ্লা ধর্ম্ম হিংমক
মীওইবা খুন্নাইগী য়াইফনবনি
মীওইবশিংসে পূনশিন্নবনি
নুংশি চান্নবা হিংমিন্ননবনি।

পূম্নমকসি খল্লবগা
উজবদুনা ফুগাইনা শাৎকাযববা লৈবাংপুম্না
তোঙান তোঙানবা ধর্ম্মশিংসে
হেকচবে যিগাউ থন্না
লেংজবে পবেং চুম্না
লৈগী পবেং অমতং।

হে মপু '
লেপচবিযে ঐ নঙোন্দা যেংলদুনা
নুংশিববা লৈপবেংসে চেৎনা পাযবদুনা
ইখূৎ অনীমক ৱাংনা থাঙ্গৎলদুনা
লৌবিযুকো যাবিযুকো থোনবিযুকো
পবেংসিদদি
পূক্নীংনা তাজবনি খন্দুনা।

*জানুবাবী ২৩, ২০১৩*

চুমদবা ওইদবা থেংনবদা খাওবা ঙমদদুনা হায়দোরকপা মাগী কবিতাগী ব্রাইহেশিং অসি থস্মোয়দগী থোরকপা ব্রাইহে ঙাক্তনি।

- সমরেন্দ্র

মার্চ ১৩, ১৯৮[illegible]

শৈরেংগী লাইরিক কয়া ফোংলবা কবি নম [illegible] ফোংলক্লিবা শৈরেংগী লাইরিকসি য়ৌশিনবা [illegible]না অমসুং মীংথোকপা [illegible]। [illegible] ঈংনা তপ্পা কল্পনাগী জ[illegible] পুশিনগনি।

- শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ

আগষ্ট ৩, ১৯৯৪

শৈরেংদি থরায়নি, থরায়দগী হেন্নি। ঈশ্বরগী বাণীনি। কোনশেং পুম্নমক্কী হেন্নবা অহেনবা কোনশেং অদুনি।

- ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ

ডিসেম্বর [illegible], ২০০৮

২০১৩দা ফোঙবা শৈরেংগী লাইরিক